# হৈক্রু হিদোংবা

# অমসুং

# মোইরাংলৈমা থাঙ্গপাং




অইবা :

বিঃ কুলচন্দ্রা শর্ম্মা

# হৈক্রু হিদোংবা

অইবা :

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা




তাম্রা পব্লিকেসন্স ইম্ফাল

১৯৯৬

**HEIKRU HIDONGBA**
**AMASUNG**
**MOIRANGLEIMA THANGAPAT**


*Written by :* B. Kulachandra Sharma
of Brahmapur Thangapat Mapal.



*Published by :* Pukhrambam Ongbi Matouleibi (Debala) for
'Tamra Publications, Imphal.

BY Rs. 15/-







---


অহানবা থোঙবা : ১৯৯৬ ইং ( হৈক্রু হিদোংবা শুমিং )

কোপী মশীঙ : ৫০০

লাইরিকসিংগী হক : তাম্রা পব্লিকেসন্স অমসুং অইবা

নম্ফম : পি. এস. প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন।

মমল : লুপা ১৫/- ( লুপা তরামঙা ) থক

# পব্লিকেসন্সগী ৱারোল

খৃষ্টাব্দ ১৯৯২ দগী ইরমদমসিগী ঈয়েক অমস্তুং ঈনাংকী ওইবা লাইব্রিকশিং মক্ত ওইনা পুৱারী (ইতিহাস) গা থাগোম্নরবা লাইব্রিকশিং থংমিন, তামিন, উমিন্নবা ওয়ান্নবগী পান্দম্না মাঙওইনরগা লাইব্রিক ফোঙবগী থবক অসি পায়থংচবনি। তিরমসিং অসিগা মরি লৈনবা লাইব্রিক কয়াস্তু পুথোক্লবা হোৎনজরি।

"হৈক্রু ছিদোংবা অমস্তুং মোইরাং লৈমা থ ঙপাং" পব্লিকেসন্সসিগী ৭ সুবা লাইব্রিক অসিস্তু অহল-লমন, মরূপ-মপাং, মহৈরোইশিং মরুওইনা নাংকী মরমদা থৌজিন-হুমজিল্লিবশিংগীদমক লংলা-লংজিন ফংহনা থরদং কাম্নবা ফংগত্রা খঙ্গকহনা লাইব্রিকসিবু ইবিরিবা ইকাইখুম্নজরিবা ওজা "বিঃ কুলচন্দ্রা শর্ম্মা" দা ফোংদোক্লবা হায়জরকবদা হরাও-হরাও য়াবিরক্লুনা খুৎশিন্নবীরকপগীদমকস্তু লাইব্রিকসিনা কাম্নবা ফংলবা মীপুম খুদিংমক্তা ওজাগী লমন তোক্নগদবনি। লোয়ননা পব্লিকেসন্সসিগী মায়কৈদগীস্তু মতম চুপ্নগী ওইনা তৌবীমল থঙবা উংচবগা লোয়ননা লমদমসিগী নাংকী ওইবা লাইব্রিক কয়াস্তু পুথোকপীরক্লবা হায়জরী।

অরোইবা ওইনা লাইব্রিকসিবু ফোঙদোক্লিবগীদমক হোৎনবদা অরা মুংঙাই কয়াদা শরুক য়ামিন্নরক্লবা পুন্নমকপুস্তু পব্লিকেসন্স অসিগী মায়কৈদগী অমুক্ক হন্না তৌবীমল থঙবা উংচরি।

পুখ্রম ওংবী মতৌলৈবী (দেবলা)
থৌবুমেনবী
তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল।

# পব্লিকেসন্সসিগী থোকখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। মীতৈ ময়েক তম্নবা অহানবা মপী লাইরিক
অইবী ঃ মাইবম চন্দ্র দেবলা (মঙৌলৈবী) — ১৯৯২

২। চী মুঙসিগী ঈরাউথোল (অনিশুবা খুনম)
(মণিপুর সরকারনা লেপথিবা মীতৈ ময়েক্কা নন্না তাম্নীমচাগী লাইরিক)
অইবা ঃ লুরাংথোই অরাম্বম —১৯৯২

৩। ইমোইনু অহোঙবীগী লিখুন পোমিং
(অনিশুবা খুৎনম) —১৯৯৩
পোম্নিং কাংবা ঃ যুম্নাম-চা বুধিচন্দ্র

৪। চন্দ্রকির্তি জিলা চঙবা (অনিশুবা খুৎনম)
সম্পাদক ঃ ৺ওইনাম ভোগেশ্বর —১৯৯৩

৫। নিংথৌ কাঙবলোন (অনিশুবা খুৎনম)
পুথোক্লকপা ঃ ৺নোংথোনবমচা অঙৌ লুরাং —১৯৯৪

৬। সনামহি লাইকন (অনিশুবা খুৎনম) —১৯৯৬
সম্পাদক ঃ ওইনাম ৺ভোগেশ্বর

৭। হৈক্রু হিদোংবা অমসুং মোইরাং লৈমা থাঙপাৎ
অইব ঃ বিঃ কুলচন্দ্র শর্মা — ১৯৯৬

ফংফম ঃ পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন।

# হৈক্রু হিদোংবা

## ( A Monographic Sketch )

## রাহৌদোক

"হৈক্রু হিদোংবা". মৈতৈ জাতিগী চহিগী কেপ্পনা পাংথোকপা লৈপাক্কী য়াইক-থৌনীগী লাইনীঙলোন অমস্তুং হরাও-কুম্মৈগা মরী লৈনবা, লৈপাক-খুাইগী ওইবা অচৌবা থৌরম অমনি। থৌরম অসিদা হৈক্রু হায়বা হৈ ( Fruit of Phyllanthus emlica, Fem. Euphobiaceae) অতু পরেং লেংহনা লাইদা কত্তুনা থৌনীজহনা হৈমন-লৈমন খুঞ্জহনা শিজরগা হি তোংহনা লাইনীং কুমহৈ তৌই, পাংথোকই হায়হনা

**থৌরমগী মমিং থোনবা**

'হৈক্রু হিদোংবা' হায়বা মমিংসি থোনখিবনি। থৌরমসি পাংথোকপা হুমিৎসিদা খুৎনা থোকপা চেঙগী পরেং অমস্তু হৈক্রু পরেংসিগা মরু ওইবা চপ মান্নবা লেওহনা, লাই কত্তুনা অমস্তুং শিহনা থৌরম পাংথোকমিই। অতুবু মতুংগীদি মিংথোনসিদা পান্দে। হৈক্রু হিদোংবগী য়াইক- থৌনীগী লাইনীঙ মনাৎসিদা মতুং শমথরকপা

নিংথৌশিংগী সনা হাক্তকশিংদা হিয়াঙ হুম্মে অমসুং ফিজেং-ফিদাম্নবগী হয়াও-তন্নাম ওইরকখিবনি। থোৱম অসি লৈপাক খুাইগী ওইরবসু থোৱমগী থোবুদি মৈতৈ লৈপাক মণিপুরগী নিংথৌ শ্রীগোবিন্দজীনা নত্রগা ইবুংঙোসিগী মহুৎ শিনবা রাজপুজারী/ভাণ্ডারী মৈতৈ নিংথৌনা ওইদে। মরমদি থোৱমসি শ্রীগোবিন্দজীগী ময়াম্বুং অহন শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী ওইবা থোৱম্নি, মরম অসিনা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী সেবক পুজারী, মন্ত্রীময়ুম নিংথেম শাগেনা

**থোৱমগী থোবু**

থোবু ওই অমসুং পাংথোকই শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দসি লৈপ"ক্কী লাই ওইনা খুরুম্নরবসু মন্ত্রী ময়ুম নিংথেম শাগৈগী শাগৈলাই (কুলদেবতা : Family Deity) নি। অহুনা থোৱমগী থোবুসি নিংথেমচা মন্ত্রীময়ুমনা ওইকম থোকপনা ওইবনি। অহুগা থোৱমসিদা কোন্নুংদগী লেংলকপা লৈপাকনিংথৌগী লাইনা

**হৈক্রু হিদোংবগী পান্দম**

শ্রীবিষ্ণুনি। হৈক্রু হিদোংবগী মরু ওইবা পান্দমদি তাইবং মপুদা মহাক্না থোকহল্লকপা কুমগী অনৌ-অপেং কত্তুনা মী ওইবা জাতিগী য়াইফবা পীবিনবা থৌনীজবগী থোৱমনি। মসুং-মপান নাইনা থোৱমগী মশক চংপনি। হিন্দু লাইনীংলোনগী ওইনা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দ অমসুং মৈতৈ লাইনীংলোন্দা কুম পুবা লাই লাইনিংথৌ অশিবা (সনামহী) গী শক্লোন অমদা, থৌনী-খাজজবনি। অতৈ মশাশিংদি কুম্মে নুংঙাইনবনি, হাপচিল্লকপনি। থৌজাল-ললকুবীবগী খুদম-চাংদম খঙনবা থৌশিল্লি।

# হৌরকফম অমসুং হৌরকপা

মৈতৈগী অথোইবা ঈরাৎ-থৌনীগী কুম্মৈ হৈক্রু হিদোংবগী থৌরমসি লাইওই তীনওইবগী রারোল (লিজেণ্ড) ওইনা মৈদিংঙু কাইনৌ ঈরেংব ( চৈঃ কুঃ চাওরাক্লা খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) গী মতম-দগীনি হায়না লৌবৈ। মসি মশাগী ওইজবা থিবা অথঙ ঙঙৈ (শাকোক লমলেন অহানবা ইবিরম্বা, মশক মমীং লোৎপা মীশক অত্তবুনি) অমনা খৃষ্টগী ১৯শুবা কুমশীঙ চাদা ইশিল্লম্ব-দগীনি। অত্তবু অইবত্তুগী রারোলসি থাদোকচরে। 'হৈক্রু হিদোংববু ইতিহাসীক ওইনা মৈতৈদা খুদোল তম্বীরম্বা মীশক্তি— মৈদিংঙু নোংপোক রাইরং পামহৈবা, মেখলেশ্বর গরিবনিরাজ মহারাজগী লৈমা অপানবী লাইরিকয়েংবমচনু হরিপ্রিয়ানা পোকপা সনা শ্রীঅনন্ত শাই, নোংপোক লৈরি খোম্বনা [মতোন ইবুংঙো মন্ত্রী পুন্সিবা : খৃঃ ১৭২৫ (শক ১৬৪৭ |৫|২১|)—১৮০৬-০৭ (শক ১৭২৮/২৯ )] হৌদোক্লনা পীবিরম্বনি

মহাক্লা হৌদোক্লম্বগী মতম্লা খৃঃ ১৭৭৯ দা হৌদোকখিবা শ্রীবীজয়নাথ গোবিন্দবু মহাক্কী আলয় মীশক অমসুং মতম দেবতা (Residental deity) ওইনা

ফংলবা মতমদনি। হায়রিবা চহিসিগী হিয়াঙ্গৈ থাগী ১১নি পানবা শুক্লা একাদশী হরিউত্থানদিন, ঈরাই হুমিত্তা থৌরমসিগী অধিবাস তৌথি হায়না রাকম ফোংদোকপী (হিরন্যসনা, ১৯,১০)। হিন্দু বৈষ্ণব সমাজগী তাইবংমপু (হরি) হৌগৎপা হুমিৎসিদা থরাই-মীরেন চনখিবা/হাপখিবা (উত্থান/উত্থানম : লাইগী হীরী ফানখিবা)

শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী মপোক সুমিৎকা মরী লৈননা হিন্দুগী হরিউত্থান সুমিত্তা হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম তৌবসিদগী কুম খুদিংগী লাংবন থাগী ১১ নি পানবদা পাংথোকপদা চংনরকখি (মথক্কাসিদা, ১০) (চৈ:কু:, ১৭৩)।

হৈক্রু হিদোংবগী হৌরকফমগী মক্ক অাস হিন্দুগী লাই নীংগলেন, বৈষ্ণব, শক্তি, শৈব অসিনচিংবা অমতগা মরী শম্নবা

হৌরকফম মক্ক খিবা

ওমদে। অদুবু থৌরম অাস মপুডদা অমসুং মপানগী উরিবা মীৎয়েংদদি হিন্দু দেবা দবী বিজয়নাথ গোবিন্দ অমসুং রাসেশ্বরী অনিগী কুমৈ-ফিয়োং ওইনা উই। থৌনাদা, লীংজেন্দা থাংজা, তাদা, পুক্রীংদা, লৌশিংদা মীথোই-মীহেল্লবা মৈদিংঙুচা নোংপোক লৈরিখোম্বা, মগ্নী পুন্সিদনা মৈতৈ মনাংকৌ ফজববু মশাগী থাদোক্লম্লগা হিন্দুদা পুমলুপ লুপ্লম্লগনি হায়বসি থাজবা ওমদে। মবম অাসনা মৈতৈগী থাযনদগী চংনরক্লবা, মতমচুংদদি মুথবক্লবা "হিয়াঙ্গৈ হিদোংবা" (চৈ:কু:, ১৯৮৩,২১-২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৭ ২৮ অসিনচিংবা) হায়বসিন। থৌরম অসিগী

হিয়াঙ্গৈ হিদোংবা নম্রগা হিয়াঙ্গৈ কুমথাবা

হৌরকফমগী মক্কনি। হিয়াঙ্গৈ হিদোংবসিবু হিয়াঙ্গৈ কুমশাবা (মথক্কৌসিদা, ২৫) হায়নসু কৌই। চহি/কুমগী মপু ওইবা লাই অদুবু নোংজু নুংশা, অঙৈং-অশা ফহনবীবনা লৌরোক ফজনা লোক্লবা, ঈশিং ঈচাওগুম্বা থোক্কনবা ঈরাৎ থৌনী তৌবনি। থৌরমসি মৈতৈ নিংথৌনা হি ভোংলগা হৈক্রু হিদোংবদা

তৌরিবসিগুম্না তৌবনি। হিয়াঙ্গৈ হিদোংবা/কুমশাবসিদা লৈপাক্কী লাই (সনামহী)গা নিংথৌগা (হৈক্রেৎ হিদোংবদা
বিজয়নাথ গোবিন্দগা রাসেশ্বরীগা তোংমিন্ন- লাইগা নিংথৌগা বগুম) হিদোংমিন্নবা মৈদিংঙু খাগেম্বা (খৃঃ হিয়াঙ্গৈ হিদোংবা ১৫৯৭-১৬৫২) না খৃঃ ১৬৩৫ দগী হৌদোকখি
(মথক্কীসিদা, ৩০)। মতুং তারকপদা লাইশিংথৌ সনামহীগী মহুত্তা বিষ্ণুনা শিনথিবনি (মসি অথেংবা মতম ১৯শুবা খৃষ্ট কুমশীগু চাদা ওইরম্বা য়াই)। হিয়াঙ্গৈ হিদোংবগী বারোলসি মৈদিংঙু গরিবনিবাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) গী মতমদদি কয়া পান্নবা থেংনজদে। অসুম্না কুমশাবা/কুমলাৎপা অসিদ। হিয়াঙ লমজেন হাপকৎলকপসিস্থ মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী
মাল্লি। হিয়াঙ লমজেন তান্নবা হায়বসিস্থ হিয়াঙ তান্নবগী মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা। মৈদিংঙু খাগেম্বনা হৌরককম মন্ন খৃঃ ১৬১৮ দা হৌদোকখিবা তুরেলগী (ইম্ফাল
তুরেলগী) হিদেন খুদিংমক্কা হি তোংহনা চৎলগা মৈতৈ লাই-শিংবু ঈর'ৎলুবা অয়াঙ ঈরুপ্পা নত্রগা অয়াঙ
লমান্নাইবা হায়বা ঈরাৎ থৌরমহূবগী হৌরক- অয়াঙ ঈরুপ্পা পা মাল্লি। অয়াঙ ঈরুপ্পা চৎপগী হান্না য়োবা, অয়াঙ লমোইবা থুনা থবক পাংথোকপা তান্নরকপদগী হিয়াঙ
লমজেন তান্নবা হায়বসি হৌরকপবা থজে। মসিদা হিগা হিয়াঙগা ঈশিংগী খোঙনেৎ খুৎলায় অনিসিগী খেন্নবগী মরমদা থম্বিরগা লোয়রে। হিয়াঙদা অমুক হিয়াঙ হিরেন ওইহন্নক্রবদি মৈদিংঙু/

মিংথৌগী খোঙাম্নং হিমি/হিয়াঙনি খঙনখ্নি। অমুক্না মৈতৈ জাতিগী হৈক্রু হিদোংবগী মমাংদা লৈরম্বা লাইনীংথৌলোন অমমতুং চরাঙ-তয়াম/হয়াঙ-কুমৈ অনিমা লাংদায়নবদা খোরম্বশিংগী, হৈক্রু হিদোংবসি, মতৌ তমচুমা মখা শমথরকপা অমসুং মতম মতমগী চংনবা ওইনা হিন্দুশিংগা মৈতৈগী হান্না লৈজরম্বগা য়ান-শিল্লবা খোরম অমা ওইনা অমস্ত শাহ মন্ত্রী পুন্সিবদা খৃঃ ১৭শকগী অঙুবাইদা হৌদোকখিবনি। হৈক্রু হিদোংবগী খোরম্বসিনা হিয়াঙ্গে কুমশাবগী হিদোংবসিগা মান্নবমুক শ্রীবাদ ক্ষেত্রদা অহোরাত্রিগী অহিং লেপ্লগা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিবু অয়ুক-নোংথিন্দা কাং তোং-হন্দুনা কোয়চিং চিংলগা বৈষ্ণবশিংগী লাইনীং হয়াঙ-কুমৈ তৌবা (ডাইরক্টরী পাঞ্জিকা, ১৩৯৭, ২৪৪-৪৫) গা জগন্নাথ ক্ষেত্র, পুরীদা শ্রীজগন্নাথ, বলভদ্র অমসুং সুভদ্রা অহুমবু কাং তোংহন্দুনা কোয়-চিং চিংলগা হিন্দু বৈষ্ণবশিংগী লাইনীং কুমৈ তৌবগা মান্নবা অদুমক্নি। মৈতৈগী কুমশাবনা আত্মানিবেদম প্রেমভক্তি রসকী মতুংতা দাস্যনিবেদনম রস ওইখিবতনি।

## থোরম পরেং অমসুং পরিং —

হৈক্রু হিদোংবগী খোরম পরেংসি খোরম্বসিগী থৌবু নিংথমচা মন্ত্রীময়ুমগী অহল্লমনশিংনা কুমগী মতম লাকপদা থৌরাং শাগৎলোকপা অমসুং মপোৎ-মচৈ পোংচঙ, চৈজঙ, মৌচঙ-মৌরাং পুন্নমক লৈন-নবা শেম শাই। খোরম্বসিদা লাইগী খোরম অমসুং ঈরাৎ-থৌনীগী অমদি লাইনীং বুস্নেগী, হিদাংবগী খোরম হায়না হুনী থৌক্লা থারদোকপা য়াই। মখোয়গী চাওরাকপা মশক্তি—

(১) য়াইগী ঈরাৎ-থৌনীগী থৌরম :— হৈক্রু হিদোংবগী থৌরাং

ঈরাৎ পুন্নমক লোয়রগা থৌরম অঁসি লাংবন থাগী ১১নি পানবা হুমিৎসিমক্তদা পাংথোকই। থৌরমসিগী পরেং অমস্তুং পরিংদি— থাবক (থা পন্না মচীন/ মশা তাইশিন্না/থেংনবা) লাকপা হি ঈরাৎ থৌনীগী অনিগী মথক্তা যম্বাক শারগা শ্রীবিজয়- থৌরম পরেং নাথ গোবিন্দ অমস্তুং য়াসেশ্বরি লেং- অমস্তুং পবিং শিনগনি। হরি সঙ্কীর্ত্তণগী পালা-

শিংনা সঙ্কীর্ত্তণ শক্তুন্না পুং, শেনবুং, করতাল, থাল, মোইবুং নচিংবা থুংলায়শিংগা লোয়নন্না লাই আরতি হৈংলগা হিথক্তা সঙ্কীর্ত্তণ মখা শমথতুনা লৈগনি। অতুগা হিদায় গদবা হিয়াঙগী, শ্রীবিজয়নাথ গোসাঈগী সেবক পূজারী তি- ৎবাইশিংনা থাবক লাকপা হিবু হোম্দুনা মোইবাংলৈমা থাঙ- পাৎকী হিদেন খুদিংমক্তা চংকদবনি। অমুম্না বিজয়নাথ গোবিন্দনা লৈংবসিবু "লময়ৈংবা লেংবা" হায়না কৌই। লম- য়ৈংবা লেংলিঙৈসিদা সঙ্কীর্ত্তণ লেপ্তনা শঙ্কদবনি। থৌরমমঙং অঁসি হিয় ইঙ্গ কুমশাবা/হিদোংবগা চপ মাল্লে। মপান্দা উবিবা লাইগী মশক খেন্নবগী য়াদনি। মৈতৈ নিংথৌগী কুমশাবদা, অহানবদা লাই য়াওর্দবা, লৈমা-নিংথৌনা হিদোংবা; য়াওরকপদা— লাইয়িংথৌ সনামহীগা নিংথৌগা হি অমমম তৌনবা অমস্তুং হিয়াঙ্গ হিদোংবদা শ্রীবিষ্ণুগা নিংথৌগা হিদোংবা অঁসিনি। হৈক্রু হিদোংবদনা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দ

অমসুং রাসেশ্বরি অনিনা হিদোংবা ওইবা অসিনি। অসুম্না বিজয়নাথনা লময়েংবগী থৌরম পরেংদি লোইরবদা হি থাবক লাকপদু থাঙগাংকী নোংপোক-চীঙথে পাংবা শরুক অদুনা হি থাংদুনা থমগদবনি। লাইগী হি থাংদুনা লৈরিঙৈ, সঙ্কীর্ত্তনা অহাঙবা শরুক শিবা মেল্লিঙৈসিদা হিয়াঙ কুশ্মে থৌরমগী হিয়াঙ তোংগদবা তেংমায় লেপ্লা অনিনা মাগী মাগী নাকথং, চং শাবশিং, হিনাও শাবশিং অমসুং হিরোইশিং পুম্নমক— মথোয় মথোয়গী মতীক মপা চাবা শেংফম থোকপা, ফিজেৎ লৈতেংফম থোকপা লৈথেং অমসুং পায়ফম থোকপা, খুংগু পুম্নমক শুনা শেং-চারগা মাগী হিশঙ-দগী অথেনপোৎ হিথক্তা হাপকৎলগা হিথক্তা মাগী মাগী লেপফম থোকপা মফমদা লেপ্তুনা হিগাশঙদগী তান্নবদা শিজিন্নগদৌরিবা হিযাঙ অনিদু হোল্লকুনা লাইগী হিথাংফমদা লাকদবনি। অদুগা অহান-অকোন নাইনা তেংমায় লেপ্লা অনিদুনা আথনপাগু শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দদা কৎচদুনা থুরুমজগদবনি। মায় পাকপা পী বনবা নীজগদবনি। অসুম্না থুরুম্বা মতুংদা অমুক হি হোনখিদুনা মাগী মাগী হিগা-শঙদা চংখিগদবনি। অদুগা মথোয়গী হিয়াঙ লমজেন যাওগদবশিংদু হিগাশঙদা ভাইহাক পোথানগদবনি। হৈক্রেং হিদোংবগী লাইগী থৌরম অসিদা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ অমসুং শ্রীবিষ্ণু য়াওগদবনি, মসিগীদমক নোংমা বাংলিঙৈ লাংবন ১০ নি পানবসিদা মৈতৈ নিংথৌদা পাওজেল কৎ-কদবনি। নিংথৌনা লেংলকপা ওমত্রবদি নিংথৌগী পোৎলোয়

শেনপোং/শমপোং/শনপোং অমসুং নিংথৌগা শাগোন্নবা লাই শ্রীবিষ্ণু য়োইহল্লকুনা মৈতৈ নিংথৌ য়াওবগী খুদম-চাংদম উৎকদবনি। অদুগা মৈতৈ নিংথৌ মৈতৈ নিংথৌনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক কোনজন য়াইচনবা চাকংহাও-ভাহোওনবা, কুমথী-কুমগাংদনবা অমসুং খুঙ্গাও-লৈচাওনবা মফমসিবু কোল্লিবা পাথংবা তুবি ঈরেল (পুবা) পাথংবদা (হিরন্যসনা, ১৪) সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই চ'ল্ল (নিংভোম্বম ইবোবী, ১৯৮১, ৭৬)।

শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দ অমসুং রাশেশ্বরী অনিনা হিথাবকথক্তা সঙ্কীর্ত্তণ শকুনা পালাশিংনা থৌগন তৌতুনা মনাইশিংগী হিয়াঙ কুইয় য়েংবিনবা হিথাংকমদা স্না মায় থোঙ নো চুপ ওনবীতুনা ভাস্থোইতুনা লৈবিরি।

## (২) লাইনীং কুইম, হিদান্নবগী থৌবম :

লাইনং-কুইম, হিদান্নবা, হিয়াঙ-লমজেনগী থৌরম অসিদি হৈক্রু হিদোংগদবা নোংমা রাৎলিটৈ, লাংবনগী ১° নি পানবা মুমিৎ অসিদগী হৌই। নোংমা র.ৎলিডৈ হায়বসি গ্রিগরিয়ান কেলেণ্ডরদা (নক্সগা I.S.T) লৌরবদি মুমিতুগী নোংভাল্লমদাই (anti meridıem: a.m ) গী রাফমনি। আইঃ এসঃ টিঃ গী নোংভানপুং য়ৈৎবা, মৈতৈগীনা

নোংঙানবগী যুথক তানথৎলকপা, তু
উরকপা মতমদা হিয়াঙ লমজেনগী
হিয়াঙ তোংগদবা (তেংমায় লেপক-
দবা) অনিতুনা ঙাম্বক তেংনৌ শাবা
(অউম্বা) অমমমদা সনা কোনয়াই,

নোমা রাংলিঙৈগী
থৌরম অকম্বং ঙাম্বক
তেংনৌ শাবা

লুপা কোনয়াই পু অমমম ছাপ্পগী শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দদা কোনযাই চনবা থাবা ওইনা কৎচগদবনি। অতুগা মায়পাক মায়জোবা নীজগদবনি। অতুগা মসিগী মমাঙদা ১০নি পান-বগী মুমিদাংরাইবমদা হিযাঙ অনিতু মাগী

হিয়াঙ ঈরাংপা

মাগী ওইনা হিয়াঙ ঈরাংকনি। চেঙ-লৈ, হৈ-রা, ধুপ মেক্রুক্রচিংবা হিজ-গাংদা লৈরিবা হিতুগী হিরুদা থাতুনা লাৎলিবা লাই অসি লাইয়িংথৌ পাথংবা (নোংদা লাইরেন) বুনি। মরমদি মৈতৈগী রাথরোম্বা লাই অশাংবা (লিন, লাইরেন, চীঙলাইনচিংবা পুম্নমকসি লাইনিংথৌ পাথংবগী শানওন/শাইয়োন নত্রগা লাংওন ঙাক্তনি হায়বসি লৌনৈ।

১০ নি পানবগী অহিং লেললক্রগা নোংঙাম্নমদাযগী কোনয়াই কৎলুরবা মতুংদগীদি নোং ঙাম্রে হৈক্রু হিদোং-বগী মতাংসিদদু হিযাঙ কুম্মৈগী তোগ-দবা থৌবমসিদদু মীগী থৌরম অমম্বং হিয়াঙগী থৌরম হায়না থায়দাকপা য়াই। অতুবু মপুঙদি মীগী থৌরম্নি।

হিদোংবা মুমিৎকী
থৌরম পরেং

হিয়াঙ অনিতু হিজগাংদগী হিপাশঙদা পুদ্রিদৈদা অমাইবনা

নাইহেরোন অনম-অথৌ, শোন্দুনা কোকথোক চামথোক্লগা পুগদবনি। ( ইবোবী, ৭৫ ) হিয়াঙ অসি হিরোইশিংনা খাংহনা হিগাশঙদা পুগদবনি। তেংমায় লেপ্লশিংনা হিরোইশিংবু চাক খাঙহনা ঙললপ্পা চাক পীজথোক-দবনি। অসুম্না মুংখিল পুং ২ তারকপদগী ফি শেংকৎনবা যারে। শেংকদবা ফিজোলগী মতাং

দা— (১) তেংমায় লেপ্পা, (২) হিয়াঙগী ফিজেৎ চং শাবা, (৩) চং মথং নৌক্লংবা

য়েং, (৪) চং মথং নৌক্লংবা ওয, (৫) হিনাও শাবা (নাউ কোযরেং) অমসুং (৬) হিনাও মাঙশাবা (নৌমা) মখোয ৬ অসিদি নীংখম শেংকনি, শমচিন চীনগনি। অতৈ হিরোইশিংনা শেংফম থোকপা ফৈজোম, ফুরিৎ, খুাংয়েৎ য়েৎলগা কোক্তা মচু শঙবা/শঙদবা পাখং তোল্লোক য়েৎলি। ফিজেৎ লৈতেং লোযবগা তেংমায় লেপ্লগা লোয়ননা হিগাশঙ-দা লাকমিল্লে। লাইগী ঈরাৎ-থৌনীগী থৌরম হৌগৎলমদাইদা হিহু ঈশিংদা খাদদ্রিঙৈদা কোনযাই

হুন্দুনা ঈরাৎলগা থাদে। লাইগী থৌরম অথেনপোৎ তৌরিঙৈ, লমযেংলিঙৈদা পুম্না হিগা- কৎলুবা শঙদা লৈরগা লাইগী হি থাংগ্রবদা

তেংমায় লেপ্পনা মাগী মাগী চং শাবা, হিনাউ শাবনচিংবা লোয়-ননা হিদা চংলগা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দদা অথেনপৌৎ কৎলুই। মঙমসিদা হৈক্রু অমমমগী মরক্তা হুপ মনা অমমম থনবা

হৈক্রু ১০৮গী পরেং অমগা খুৎনা খোকপা চেং ১০৮গী পরেং অমগা পারুং অনি শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী সনা ভকশমদা থোল্লমী। মখোয়না অথেনপোৎ কৎলগা খুরুমজরবা মতম্‌সিদা তেংম য লেপ্পা অনিসিনা শ্রীবিজয়নাথকী ভকশমদগী হৈক্রু পারুং অমস্থুং চেঙ পারুং অনি অমমম বিজয়নাথ গোবিন্দগী লৈমন ওইনা ফংহন্দুনা শিবি। মতুদগী মখোয় অনি মাগী মাগী মীশিংগা লোয়নন মখোয় মখোয়গী হিগাশঙদা হনখিত্নুনা ভাইহাক পোথ নত্নুনা হিয়াঙ তান্নবগী থৌরম চথনবগী থৌবাং ভাইত্নুনা লৈনখি।

হিয়াঙ তান্নবা হৌবা যারকপগী পাউ লাক্রবদা তেংমায় লেপ্পশিন এশা মশা য়াওনা মাগী মাগী হিশিং হিয়াঙ ওইননবা অমুক হুয় ঈরাংলি। অতুগা হিযাঙ লমথাকম তান্না হোন্দুনা চংলি। মফমতুদা অমাইবনা ঈশিংদা কোনযাই চন্দুনা লাইয়িংথৌ পাখংববু লাইজা ঈরোল্লুংদগী কৌখৎলগা হিয়াঙ অনিত্নুদা পাখংবগা

পাখংবগী থরাইমিরেন হিয়াঙদা য়াইচনবা

থরাই-মিরেন চনশিন্দুনা হাপই। অতুগা হিয়াঙ অনিগী হিরুবাক্তা অমুকহ্নু হুয়া সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই পু অমমম অমুক লাইনিংথৌ পাখংবদা কোঞ্জন যাইচন্দুনা ঈরাংলগা লাইয়িংথৌদা খুরুমজত্নুনা লাংথৈ মপোপ তরেং তরেং, লৈরেং অমমম অমস্থুং খুদৈ অমমম [illegible]ত্নুনা কৎচৈ। অতুগা হিয়াঙ লমথাকা [illegible]নী [illegible]।

হিয়াঙ লমজেনগী থৌরাং লোয়নখ্রে। তেংমায় লেপ্পনা হিরুদা, চং শাবনা মথংদা, নৌরুংবা অনিনা অমুক মথংদা লেপ্পগা হিরোই লৈখ্রে। মসিগী হিরোইগী মশীঙদি অকক্লবা লৈতে, হিয়াঙ-হি অতুগী চাওবা-পিকপগী মতুং ইল্লি। হিরোইশিংগী মথংদা হিনাও মাঙশাবা অমম্বুং মহাক্কী মতুংদা হিনাওশাবা খুমু নৌজাও গুবা নৌ ঈশিংদা থাদদুনা হিমায় চুম্নবা শেম শাদুনা লৈখ্রে। হিয়াঙ তাম্নবগী হিয়াঙ ওইরবনিনা হিরুদা লুরাং পুদাংকোই খুংকোয়বগী শঙাই চীরুকং অমম্বুং হিনাওদা খুমন কাকপা লৈতোন পাম্বগী তাংজা লুরেন লুকং অশাবা য়াওদবা য়াদে, য়াওরে। শেম-শাবা লোয়বদিদা হিদায়বগী হিয়াঙ লমজেন লমথারক্লে মোইবুং খোঞ্জেল থিংকাম কামদুনা খোঞ্জেল য়াক্লপ থোকহন্দুনা লমথাবগী খুদম পীরক্লে। অইতগা মায়দে, নোংমৈগী মখোলনা, বেলএলগী খোঞ্জেলনা,

হিয়াঙ লমজেন
মোইবুং খোঞ্জেল
থিংকায়দুনা থাবা

ফিরাল হাইদুনা নক্রগা মোইবুং মখোল নত্তবা অতোপ্পা মওং অমত্তনা লমথাদে। লমথারকপদগীদি হিরোইশু, খোংবান চেনবশিংসু মতীং ফুদোক্লখ্রে। চং, নৌরুংবা, হিনাও মাঙশাবা, হিনাও পুম্নমক মথৌ পায়থংনখ্রে। তেংমায়লেপ্পা হিরুবাক্তা খোঙ থিনখ্রে। কুম্মৈ য়েংবা লাকপশিং ওক থাজংনাখ্রে চেপথনখ্রে, হাইথনখ্রে অমম্বুং ভাইহাক্তংসিদি হিদায়বগী ঈরাংদা তাইবংপান কাউনখ্রে। খোংবান চেনবশিং থাজপাত্তা চোংথগদৌরে, কুম্মৈ য়েংবশিং য়েংনৈ, চেপনৈ। খওহৌদে অয়াঙবা হিয়াঙনিনা পুংখায়মুক্তনি

লাংনবা। অমনা পন্থুংক্ষম য়ৌথ্রে থোইখে থোইখ্রে লাউনখি। থাঙপাংকী মরাক থুংনা তিল্লিবা থৌরী, পন্থুং য়ৌরে খঙননবা থৌরীদু শোকপা পন্থুং য়ৌবগী হাল্লবা তেংমায়লেপ্পতুনা মশাগী নৌদু বাংনা থৌওং খুদম অতিয়াদা থাঙকংনা পন্থুংক্ষম য়ৌরে হায়বদু খুদম তৌদুনা উংলক্লখি। মদু উংলম্লগা মহাক হিরব্তা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী মায়কৈদা ওন্দুনা শাংদ্রোং শানা দণ্ডবত তৌদুনা লৈখি। মতুদগী হৌগংলক্লগা অহানবা হিদায়বদু মহাক্না অথোইবা ওইদুনা ভাইহাক পোথাক্লনবা মশাগী হিগাশঙদা চংখি। অসুম্না মায় পাকপা ওমহৌদ্রবা তেংমায় লেপ্পতুসু মশাগী হিংগাশঙদা হনখিদুনা পেথাখি। অথোইবগীসু থোইদবগীসু হৈথাপোথ্বা চানহনা শোর হোন্দোক্লখি অমসুং কুম্মৈ য়েংবা লাকপশিংনা লাংথা-খেবা হেনগংনখি।

অসুম্না ভাইহাক পোথানরবা তুংদা চহিতুগী হৈক্রু হিদোংবগী হিয়াঙ অথোইবা, অপোবা লেপ্পা য়ান্নবা অনিরুদ্ধ ওবা থেঙথাংগী হিয়াঙ লমজেন অমুক থাননবা পাউ শীরক্লতুনা থাঙপাংকী নোংচুপ লমথৈদা অনিরুদ্ধগুবা লৈরিবা লমথাক্লমদা তেংমায় লেপ্পা অনিগী ভীয়াঙ তান্নবা হিয়াঙদু য়ুংলখি। ছন্দমুক্তি পাথংবা ঈরাংপগী থৌরমদু য়াওদ্রে, চুম্না লমথাক্লগা লমজেন তান্নবনি। অহানবগীক্লগা থৌওং-থৌদৌ চপ মাদ্রে। মখিদা অহানবা থোইখিবা তেংমায় লেপ্পনা থোইথ্রবদি অতুরক ওবা ওইনা অমুক তান্নদ্রে, অথোইবা মীশক লেপখ্রে।

## হিয়াঙ তান্নবসিদগী কুমগী ভুক্তলমচৎ য়েংবা

হিয়াঙ তান্নবসিদা অহানবা তান্নবগী থৌরম পরেং অহুদা করম্বা হিনা থোইবগে হায়ংঙু য়েংগনি। হায়বদি হৈক্রু পরেং-শিবা তেংমায় লেপ্পগী হিয়াংনা থোইবরা, চেঙ পরেং শিবা তেংমায় লেপ্পগীনা থোইবরা হায়বসি যেংগদবনি। হৈক্রু পরেং শিবনা থোইরগা হৈক্রুনা হিযাঙ থোইবনি, হায়না লৌগনি, চেঙ পরেং শিবনা থোইরগা চেংনা থোইবনি, চেঙ হোঙগনি হায়না খঙগদবনি। অদুগা অহানবা হিদান্নবগী থৌরম পরেংদুদা থোকখিবা; থৌদোক থৌদৌ থৌওং, চেংনা থোইবা নত্রগা হৈক্রুনা থোইবা অদুগী মতুংইন্না লৈপাক্কী ওইরিবা, ওইনক্কদবা কুমগী কুমচৎ-কুমওন, কুমথী-কুমগাং, লাইচং-লাইনা, মহৈ-মরো নচিংবগী অফ-ফত্তবগী কুমশব-দুমওং লেপ্লে।

## হৈক্রু হিদোংবা নুমিৎকী থৌরম লোয়শিনবা

হিয়াঙ তান্নবগী আথাই-চহেনগী মশক লেপ্পুনা মীয়ামগী মিৎকী কুম্মে পেলহল্লবা মতুংদা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দনা লাইগী থৌব ওইতুনা পাংথোক্লিবা থৌরমসি লোয়শিন্নবা শীনগনি। কোন্নুংদগী লোলকপা শ্রীবিষ্ণুগা শ্রীবীজয়নাথকা পুন্ন হিথক্তা অরুতি কৎলবা মতুংদা শ্রীবিষ্ণুম্ন নিংথৌগা লোয়ননা কোন্নুংদা লেংগ্রগনি। অদুগা শ্রীবিজয়নাথম্ন হিথক্তগী লেংথদুনা মশাগী লাই-শঙদা লেঙশিনগ্রগনি। অদুগা লাইগী ঈরাৎ-থৌনীগী থৌরম য়াওরম্বা অমম্নং লাইনীঙ-বুম্মেগী থৌরম শরুক য়ারম্নশিংম্ন হুন্নগ্রগনি।

# অশীন-অরাং, অরাংফমগী থবক

অশীন-অরাং, অরাংফমগী থবক অসিনা হৈক্রু হিদোংবগী লাইনীঙ ঈরাং-কুমৈ অসিগী খাইদগী হেন্না মরু ওইবা থবক্নি। মসিনা হেক শোনবদা থৌরম অসি মায় পাকপা ওমদবদি লায়রক্না লৈপাক মমাঙদা চোপকদৌরিবনি। মপ্রিমখুম নিংথেম পুম্নমক চেন্থগদৌরিবনি। থবম-থৌবম পুম্নমক ফজহনবা হায়বসি মথোযগী মথুত্তা লৈরবনি।

# থৌরাং লাঙবা অমদি থৌশীল

হৈক্রু হিদোংবগী থৌরমসিগী থৌরাং-থৌশীলগী থবক্তা খুং থ'বা অসি য়ামদ্রবদা হুমিৎ ১০ নি মমাঙদগীদি হৌবা তাই। অহানবদা লৌখৎকদৌরিবা থবক্তি শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী ব্রাহ্মণ পুজারী, অচার্য্য, ব্রহ্মামচিংবা পুজা তৌগদবশিং পাউ পীবা, পাউজেল থাহ্নবা শঙহনবনি। মথংদা, হিয়াঙ তান্নবগী তেংমায় লেপকদবশিং অমসুং মহাক্কী চঙগদবশিং (মী— হিরোই, খোংবান, চং শাবা, হিনাউ শাবনচিংবা অমসুং পোৎ— হি, নৌ, ফিজেং) তানথোকপা অমসুং লেপ্পবনি। মথংদা, সঙ্কীর্ত্তণ পালা অগুবা (পুং, মোইবুংনচিংবা ঈশৈ-নোংমাইগী খুংগুশিং লেপকদবা পালা) অমসুং মৈতৈলাইগী ঈরাং-থৌনী তৌগদবা য়োয়রেন, অমাইবা অসিনি। মথংদা, চঙগদবা পোৎচঙশিং (ঈরাং-থৌনীগী, সঙ্কীর্ত্তণগী হি থাবক লাকপগী, শঙশিং শাবগী, হিয়াঙ লমথাবা-লমথুংবগী, হৈক্রু পরেং, চেঙ পরেং, কংনবা ভাম্বক, হৈ-লৈ, পানা-ক্বা, লা অসিনচিংবা) তানবা অমসুং শেম-শাবা পুম্নমক অসি মতম লৈরিঙৈদা থৌরাং তৌগদবনি।

## শঙশিং শাবা ঃ—

হৈক্রু হিদোংবগী শঙশিং শাবসি মমাঙহৈদগী চৎনবী ওইনা মাগী মাগী শাফমশিং চৈক্লে। থাঙপাৎকী অশাংবগী মমায় মপাদা রাংমা রাংমাদা মমায় মথা অমসুং অরাং ওইদা শ্রীয়য়োক্তা হিয়াঙ-কুম্মৈগী ৎেংমায় লেপ্পা অনিগী হিগাশঙ অনি শাগদবনি। মখোয়সিদা ঙেংমায় লেপ্পা, চং শাবা, হিনাওশাবা, হিরোই-শিংগী লৈকম্নি। হিগাশঙসিগী মনাক অয়োয়বদা মাগী মাগী হিয়াঙ লমজলগী খোংথান চেনবশিং লৈনগনি। হিগাশঙ অনি-সিগী নোংপোক্লোমদা থরা চৎথৎলগা থাঙপাৎকী খা থংবদা মৈতৈ নিংথৌগী কুম্মৈ হেংনবা শঙ, অমসুং মসিগা মায়োক্লনা অরাংথংবা রাংমদা মহারাণীগী কুম্মৈ শঙ শাগদবনি। থাঙপাৎকী নোংপোক থংবা তোব্বান পরেংদা লৈপাকী অঙম-অখৌ, অকন-তায়াঙ, অচৌ-অশাংনচিংবগী শঙশিং পরেং শাগ্গমা থমগদবনি।

## অতৈ চঙগদবশিং শেম-শাবা ঃ—

থাঙপাৎকী নোংচুপথংবা অরোইবা তোব্বান্দা লমজৈলগী লম-থাকম লৈগনি। মসিগীদমক হি খেল্লগা থক্তম হেন্দোক-হুজিন্দনবা খৌরা লীশাং তিংকম শেমগনি। থাঙপাৎকী নোংপোকথংবা তোব্বান্দা অচৌ-অশাংশিংগী শঙগী মমাঙদা লমথুং/পম্বুং লম-ৎকফম ওইগদবনি। পম্বুংকম খৌরা লীশাং।তিংক্লনা থমগদবনি। হিয়াঙ তায়বদা শীজিন্নগদৌরিবা হি অনিহু নত্তবা হিঙাও অনি মমা থাবক লাক্তুনা লাই লেঙশিনবা য়ানবা কোপ নত্রগা চগী কাংথক হাহনা শেমগদবনি।

## পাউজেল তৌগদবা/কৎকদবশিং ঃ—

মৈতৈ নিংথৌ য়াওদবা, তাক্তবা য়াদবনা নিংথৌদা পাউ কৎক দবনি। নিংথৌগী পাউ পীবা অসিবু মায়য়োক থাকম কত্তুনা পাউ পীবা কৌই। মায়য়োক থাকম কৎপগী মওংদি— হৈক্রু হিদোংবা নোংমা রাৎলিগৈ, লাংবনগী ১০ নি পানবা হুমিৎসিদা, কা মপুম ৫, মনা মপুম ৫ লা তাঙ্গা লাথোক্দা হোনবী কায়দনা হাপ্লগা কৎলুগদ-বনি। হায়রিবা মায়য়োক থাকম কৎপসি শ্রীবিষ্ণু অমসুং শ্রীনিংথৌ অনিমকী পুনশিন-ওপচিন্দুনা কৎলবনি। মসি মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা চৎনবী ওইনা লৈরবা কায়ফত্রবা নোল্লুক-পাউজেল থুৎ-কৎনি। লৈপাকী অওম-অথৌনচিংবশিংসু লা তাঙ্গদা মনা কা হাপ্তুনা হোনবী পাউজেল কৎকদবনি। অসুম্মা পাউ পুম্নমক কৎলগা, পোৎচক্তগী থৌরাং পুম্নমক লোয়রগা অমসুং থৌরম পরেংগী মরম পুম্নমক অরাংকম থুহ অমদা শীনত্তুনা শেম-শাবা লোয়রগা, ১০নি পানবা হুমিৎসিগী নোংথিল হুমিদাংবাইরমদগী হৈক্রু হিদোং-বগী থৌরম পরেং চথবা হৌগদবনি অমসুং শোয়দ ভামদনবা হোৎনগদবনি।

## হৈক্রু হিদোংবগী মুৎগী ওইবা রাথস্লোন ঃ—

থৌরমসিগী মুৎগী ওইবা রাথস্লোন, থৌরম পরেংগী মতাং মতাংদা অমসুং অতৈ রারোল হায়রকপদা থর থরদি পঞ্জক্রে। অচুবু অমুক হন্নসু থরমখৈ নীংশিংজরি।

থৌরমসি তংশংনমক মৈতৈগী কুমওন-কুমশাবা ( হিয়াঙ্গৈ কুমশাবা) হিদোংবনি । শক্লোন অনি অমসুং থৌরম থৌওং অনি পুবনি। মৈতৈ জাতিগী থাযনদগী চৎনরকপা মনাত্তা অনৌবা হিন্দু ধর্ম্মগী কুযোম্না য়োম্বনি অমসুং লাইনীংলোনগী ঈবাৎ-থৌনীদা কুশ্মৈ-ফিয়োংগী নাউয়োম অমদি হিয়াঙ লমজেন তান্নবগী কুয়োম্না যোম্বনি। লৈপাক নিংথৌগী, লৈপাক খ্বাইগী অমসুং লম্নাই-মবম্নাইগী যাইফ-থৌনী ঈন্নাংপা, কুমচৎ-কুমওনগী কুমওং মতৌ খঙনবা থৌরাংবনি । চাওখৎ-থৌরাং লৌখৎপা, চাকহোঙ-ভাহোঙবা, চাকথোক-ফৌথোকপা, খুঙ্গাও-লৈচাওবা, মীশীঙ-চাশীঙ হেনগৎপা, পুন্সি ভোল্লোয়বা অসিনচিংবা নীজ-বনি। মতুদা থৌরমগী মথা শমথবা ওইনা জাতিগী চৎনবী মশান্না হিয়াঙ লমজেন্স উত্তনা মরম্নাই মথৌনা-মরিংজেন, মতীক-মপাঙ্গল পুথোক্লত্নুনা খ্বাইগী পুনশিনবা শক্তমগী থৌনা-লিংজেল হোৎনবা মহোৎনা, অপুনবগী পাঙ্গল-লৌশিংনচিংবগী উৎনবগী অথোই-অহেন তান্নবগী শক্তম অমা পুথোক্লবা লাক্লবনি । অরিবগা অনৌবগা শম্নবা, চৎনবী মনাৎকা চৎনবক্লিবা মচৎ-মনাৎকা তান্ন-শিন্নবা অমসুং মাঙলমচৎপু তুংলমচৎনা কাউদনবা উরোঙ খিল্লম্বা থৌরমনি। কুশ্মৈ পাম্বগী কুশ্মৈনি, লাইনীঙ-ঈন্নাৎ পাম্বগীনা ঈরাৎ থৌনীনি। কুমগী অনৌবা থোরকপা মহৈ মরোংগা থাদোকপা য়াভ্রবা চিঙ্গাক্কী মহৈ-মরোংগা থাদোক্লবা য়াভ্রবা মরী উৎপা লাইথৌ কুশ্মৈনি। চৎনবী য়েনহেন তাকপা, ঈশানা ঈশাবু থাজবা থম্বা অমসুং ভাকপা, ভৌবা য়াদবা মশক খঙহনবনি। মরম অসিনা হৈক্রু হিদোংঙ্গিবা মথৈ হৈক্রু হায়বা হৈ

চাবা খিংলয়নি, হিদোংলবা মতুংদা চাবা থাহল্লমনি। হৈক্রু হিদাংগ্রবা মতুংসিদগী হৈক্রু চাবা য়ারে, য়াশক চেৎপগী মশক্ক লেপ্লে।

# হিন্দু লাইনীঙলোন্দা

মায পাকপগী মবুংঙো, তাইবং থম্বাই শনগী মশক ওইরিবা পুন্নমকপু পুনশনবীরিবা, শ্রীখিজয়নাথ গোবিন্দগী মপোক মুমিৎকা মরী লৈননা তাইবং মপুনা চীক্লা য়াতাকুবদগী লেংখৎলকপা শুমিত্রা হৌজোক্লগা থাহৌ, থারোয় ওয়া-ওয়া কুমচৎনবা কুম্বা-রোনগী লাংদায় ওইবা লাংবন, অচিৎথাদা তৌনবা হৈক্রু হিদোংবা লাইনীঙ ঈরাৎ-থৌনী শাগোয়বা অমসুং চৎনবী অকন-অথৌ থয়াঙ কোন্দাই লোনবগী মহৌশাগী কুম্মেনা মফেন ওইবনি। হিন্দু লাইনীঙলোনগী মবুংঙো শ্রীবিষ্ণুগী পুর্ণ অবতারগী শক্লোন অমা শ্রীবিজয়নাথনা পুরিবসিনা মৈতৈ জাতিদা তাইবং মপুদা থাজবা, পুক্নীঙ চেংনা লাইনীঙ পৈবননা হীয়ী কোনবা, ওয়া অমসুং অথাঙ কনবগী মহৌশা লমচৎ থাদোকুবা অমদি ঈশা কথোক্লা কোরৌ লনশাবনচিংবা য়াথল্লোনশিং পীরি। মসিনা নাইতোম হিংদনা পুন্না খুম্নাই লিংজনা পানবা পাম্বা মীওইবদা অমনা অমগী মকমদা হেজিন্নবা, কাযনদবা, লান্নদবা অমসুং লঙজনীঙদবগী য়াথল পীরি। মহুনা অপুনবা মৈতৈ খুন্নাইগী মশক লেপ্লকপদা ঈংনা-তয়া, খীগী মাঙনবা তৌদনা অমসুং অমগা অমগা মক্রেং পাংনহনা হিংমিন্নবগী য়াথল পোকইল্লি। তাইবং মপুনা মালেম তাইবংপান্দা লৈঙথংগীরকু্না মীগা মীগা হিংমিন্নবা, কতোক্লবু

মুংশিনবা, তাইবং মপুবু থরাইদগী হেন্না পান্মুনবা মহাক্কী ময়াথং পুন্সি থৌদাং তৌবা, অতোপ্পগী কান্নবগীদমক্তা কাখাকপনচিংবা লাইনীঙ-পাউতাক্কী মতোন চোংহল্লি। শা-লান্দা তৌত্নুনা লাক্লবা মৈতৈ অমগী পুন্সিদা লানফমগী লাল্লাউগী মৈরিক্তা মীপোক-মীহিং ওম্বা, মীকন লাঙ্গোনফবা তাইবং মপু অমা লৈরি হায়বগী বাখল তত্নুনা কাওহল্লি।

# মৈতৈগী মশাগী লাইনীঙলোন্দা

হৈক্রু হিদোংবা, মথক্তমু পঙ্গথে, মৈতৈগী মশাগী লাইনীঙলোন ঈরাৎ-থৌনীগী লাইথৌনি অমমুং মশাগী মনাৎ পন্নিংগী হরাও-কুম্মেগী শরুক মাচেৎ অমনি। হিন্দুগী লাইনীঙলোম্না মপানগী কুয়োম ওইখিবসিদি মতমগী চক্রদগী থোক্লকপা অওনবনি। অওনবগী তাইবংপানসিদা হোংবা লৈত্রবা তাইবং মপু মহাক্না মমিং হোং-হোংত্নুনা লেপ্লবা ঙাক্তনি। অদুবু মৈতৈগী মশাগী লাইনীঙদি বাখলগী মালংপান নত্তে, তেংবানবগী তাইবংপাল অমা লৈ। মহাক্না মীওইবগী অক-ফওগী হিরম পুন্নমক শীনবী, মহাক্না চানবীবা-থৌজানবীবা নত্তনা মীওইবনা করিম্মু তৌবা ওমদে। মরম অসিনা মাঙোন্দা চঙজত্নুনা পুন্নমক নীজবা তাই, মহাক্কী য়াথং ঙাকপা তাই। মসিনি "গীতা" গী "মামেকং শরনং ব্রজ" হায়বদু, "লাও-সে" গী "লম্বী" বায়েলমু অসিনি। মরমসিনা মতমগী কোয়না উংলিবা য়া-ওনবু পায়রিবা কুমস্না-কুমলীকলাই, লাইয়িংথৌ লৈশেম-নোংশেম্বা লাইগী লাংওন/শানওনবু ঈরাৎ-থৌনীজরগা য়াইফ-মুংঙাই নীজবনি। অমুক, কোরৌ ললশাবগী (ঈরাৎ-থৌনীগী) থুদম-চাংদম য়েংনবা হিয়াঙ হিদায়বনি। তুবী

ঈরেল পুবা লাইয়িংথৌ পাথংবা, মালেম তাইবং য়োকপা লাই-য়িংথৌনা অশিবা অমসুং মালেম তাইবং মপু কোরৌ নোংদোম অহাংবা ( অতিয়া/য়াইবীরেন/গুরু) শিদবা চীঙঙ্লাই অমসুমকী থৌরম গুপ্পা তৌদুনা থৌনীজবনি।

## মেরিট এস্পিরেসন (অহোঙ লোইরেন খৈবা)

হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম অসি শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী জিব-ন্যাস, মপোক-মুমিত্তা হৌখি হায়না পীবমিনা ঈশ্বরসিনা মণিপুরগী নিংথৌ শ্রীশ্রীগোবিন্দ/পাথংবগী ময়াম্বা অহন ওইবসিনা দেবতাসি মতীক-মগুণ উৎপা, খঙনবা অমসুং মীয়ামদা লেম্নবগী রাকমসু য়াওরি। অমরোমদা অমুক, থৌরম মপু শ্রীসনা অনন্তশাই—কনংথৌবা, তৌবা ঙম্বা, লৌশিং শিংবা, য়ৈহে-মশিং ময়ামদগী হেন-বনচিংবা উৎপা খঙহনবগী রাকমসু য়াম্লি। সনা মন্ত্রীময়ুমগী নিংথেমচাশিংগী ইতিহাসতি মখোয়না মমা লৈপাক্কী অমসুং মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসন অমসুং মনীঙ তম্বা কনবগী লৌখিবা থৌদাং মশক শেংনা উৎপা, নোংপোক লৈয়ী খোম্নগী মপা অমসুং ময়ামসুং নীঙরা অমসুং নিংথৌ সিংহাসনগী মিকাদব', কংকম থোকপা মীশক্তা নিংথৌ খুদম পীবীবগী তমজনীঙঙাই ওইরবা কিদম, য়ুক্তুংগী নিংথৌমচানিং— অবাগী তাকুনিংথৌ হেরাচন্দ্র, জয়মান-চৈতন্য-সিংহ নরসিংহ ( খৃ: ১৮৪৪-৫০ ), নিংথেম সনা চহি অহুম (নরেন্দ্রজিৎ/রনজিৎ) অমসুং নিংথেম কোইরেং যুবরাজ ( খুটিঙকী টিকেন্দ্রজিৎবীর সিংহ, ) অসিনা লোহোই। মহাক্কী মমাকি

শ্রীবীজয়নাথ গোবিন্দগী লাইশঙদা শেন্না হৈহ্নুনা মৈতৈগী মপা-মপু নীঙবা লাইনীঙলোনগী মনাঙা লাক্লনা লৈরি ।

## ব্যারোয়শিন

মৈতৈ জাতিগী লেমনীঙঙাই ওইরবা লাইথৌ থৌনী অমসুং কুম্মৈ-ফিয়োং অনি পুল্লবা থৌরমসি, চহি খুদিংগী লাংবনগী পান-থংলকপা ১১ নি পানবদা কুম লেপ্তুনা পাংথোক্লকখি অমসুং পাং-থোক্লি । মসিবু হৌদোকপীরম্বনা মৈদিংঙু চা নোংপোক লৈরী খোম্বা, অনন্তশাই মন্ত্রী পুন্সিবনি, মহাক্না খৃঃ ১৭৭৯ গী অহুবাইদা মীয়ামদা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দবু লেম্নবা ওইনা হৌদোকপীখি । লাইথৌ-কুম্মৈসি মৈতৈ মশাগী মনাংকী ঈরাং-থৌনীনা মতোং-ময়োন ওইরগা হিন্দুগী দেবতা পুজানা কুয়োম-নাউয়োম ওইবনি । চুংঙাইরবা মৈতৈগী হিয়াঙ কুম্মৈনা মীয়াম্বু চিংশিল্লগা মৈতৈগী মনাংকী লনগৈদগী মচেৎ অমথকপু ময়েক শেংনা উৎপনি । অয়েংবা-অউবশিংগী বাখল খেম্নবগী মতুংইন্না— কনাদা কুম্মৈনি, ্নাদা লাইনীঙলোম্নি, কনাদা থায়নগী চৎনবী মনাং উৎপনি । মতম্না অহোংবা য়াম্না পুরকঞ্চবসু হৈক্রু হিদোংবগী থৌরমগী মপুঙদি হোংদে অমসুং ওস্লোক্কে । মসি নিংথেমচা মন্ত্রীময়ুম শাগৈগী ঈকাই খুম্নীঙঙাই ওইরবা মপা-মপু নীঙবগী তৌবিমল খঙবননি ।



শ্রীশ্রী বীজয়নাথ গোবীন্দগী শক্তম

(বীজয়গোবীন্দদা লৈবিবা)



মোইবাংলৈনা থাঙ্গপাৎত্তা হৈক্রু হিদোংবগী শক্তম অমা।

# মোইরাংলৈমা থাঙ্গপাৎ

## (ৱাংঙমলোন শেনবী মৱাউ লাম্ববী চীঙলাই লৈমা)

মৈতৈগী মবুংঙো নোংপোক ৱাইরং পামহৈবা, মেখলেশ্বর গরিবনিৱাজ মহারাজনা খুললেম পাওনগী কুম শক ১৬৭০ গী কালেনথা ১০ নি যুমশকৈশ (খৃঃ ১৭৪৮ গী মেগী অরোঙ্গবা থাখায়) দা মচা ইবুংঙো ইবাইবা চিংশাই/মেনপোম্বা/সনাহল-মোইরাম্বা/ শমৈবাং/অজিৎ-শাহদা নিংথৌ সিংহাসন শিন্নখি। অদুগা মপা ইবুংঙোগী তাল্লোয মমাইবেম্মা ৱাযেনবম চন্দ থবাল/গোমতী বানীগী মতম কুইনা থম্মোইদা কিশি বিতুনা পুবক্লবা লমন খুম্নীঙবগী থরুম অদুদা মপাইবুংঙোগী ঈথেংনা পূর্ণাহুতি পীখি। মতুগী মহৈনা মহাকপু মৈতৈলৈপাক্কী মীয়াম্না মহাক্কা মমা হিন্নবা মঙাঙনা মনাও ইবুংঙো নিংথেম পামহৈবগী মচাইবুংঙো শঙ্গোইতাবা/ মিংথোইঙম্বা/ভারত-শাইগী মীচঙদা তেংবাংদুনা খৃঃ ১৭৫২, চান্দম চৌডশোংগী কুম শক ১৬৭৪ শজিবু থানিম্নোং থাংজদা মচাম্বপা দেবশাই অমসুং মনাও ইবুংঙো স্বনন্দশাই সেনাপতিগা লোয়ননা মণিপুরদগী মযাংলমদা তাম্থোকখি। হাঙ্গৈরিবা নুমিৎসিদগী ভারত শাইনা নিংথৌ ওইখি।

তাউথরক্রবা নিংথৌ খুবম লোকপা নিংথৌসিনা ফম্বাল হেক ফংখিবগা মাগী নিংথৌ খুবমদা, খুন্নু মথোঙদা শম-লৌরগদবা নিংথৌ ওইফম থোকপা ময়াম্বু ইবুংঙো শ্যাম-শাই খুরাইলাকপনা নোঙ্গাপ্রবা তুংদা শাংথ-লেমথনা শন্দোকহৌরিবা উপালশিংবু উশা থাগে লাক্লরকখি। অদুবু মৈদিংঙু পামহৈবা হাক্কী নোংথোনবা বায়েনবমচা খেল্লেম্বনা মমাগী মাঙ্গৈকেগী পন ওইখিবা, মৈদিংঙু পামহৈবা মপারী ইবুংশীজ অনন্তশাইনা মপাগী মরীদা লেঙফজ্রবা সেকচুপ ওইখিবনা ভারতশাইগী থৌরাং মাঙ্গপাকপা ঙমখিদে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঈরাংবমচা নানবা শারাবা/ নোংলেন হাঙ্গবীথোং, নৈয়ি লাম্বাবা/খেল্লেপাম্বগী মপাবীগী চাদানাওদা ঈরাংবমচা খেল্লেম্বনা কেগে চাওবপুঙ মোইরাং শাংবয়াযগী লোইরেন সনাপুঙগী লমদা মচন ঈরাংলোন চাথা মরীংলোইথোম্বীনা পোকপা গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র অনিবু পুক্নুনা লোৎলগা থমখি। ভারতশাইগী থৌরাং পুন্নমকসি আনন্তশাইগী নাকোং যৌগ্রবদা মচাম্মুপা অনিগী পম্থৌ মপাতোম্না মবাই খেল্লেম্বগা শক্কা শক্কা উমহুনা মপারী অনিগী বারী পুম্বা শান্নরখি। মপুক ফজ্রবা মপা হাংপা ঙম্বনি, য়েক্লবা মথাক থমহংমসি, লাইথুং মথাক থম্নগন্নু হাঙ্গনা থমহুনা অরোনবা শরৌ শিন্নরখি। মথৌনা-মরিংজেম্না মৈতৈগী নোংথোনবা ফম পায়রম্বা মোইরাং খেল্লে পাম্বগা লৌশীং লম্বীদা চঙখোল্লবা, পাম্বা কৈরেনগুম্বা আনন্তশাইগা থবক পাংথোকদবা মুমিং লেপ্লরে, মানা মানা তৌনগদৌবা মথৌ লেপথোক্লরে। মাগী মাগী লৈজবা মনাই-মশন ফাওবনা অরোনবা

লাম্মী খোমজুনা খুৎশু খুৎলাঙ্গ মশীঙ-মথা পানজুনা শেম-শাজুনা লৈনরম্ব।

লেপত্রবা মতমগী খোঙচেন্না লেপ্পখিবা ফুমিত্র পুরল্লে। কোনোক কোঙয়াম্বগী কুম শক ১৬৭৫ হিযাঙ্গে থ কুননী নিংথৌকাবা ফুমিৎনি। মৈদিংঙুচা ইবুংশীজ অনন্তশাই মনাই-মশন থোইনা লোঙ্গনদনা নিংথৌ ভাবতশাইগী শঙ্গাইরেন চঙনবা, লৈপাক্কী লৈঙাক্লোনগী পোরম পোথাং থম্মনবা মৈদিংঙুগী যাথং ঙাইরি। মতমজুদা মৈদিংঙুনা উত্রা শঙলেন্দা ঙাইরিবা মৈদিংঙুচা অনন্ত-শাইগী মনাক্তা লেঙথোক্লকপুনা মনাই-মশলশিং তাম্থোক্লগা মযাম্ব্রং পাঙ্গমা লৌশীং চাওবগা বাথল-বাতাম্লনবা থৌরাং তৌরি। মৈদিংঙুগা মবাই ইবুংঙো খেল্লেম্বনা হাননা থৌরাং শিন্দুনা কংলাগী স্নথোং লানশিনগ্রবা মমাক অনি পুজুনা মথোঙ্গগী লৈজবা মী থরগা লোঙ্গননা লৈমা নিংথৌ খুরুম্বা শাজুনা লাকখি। মীতোপ কনাম্ব য়াওবক্তে, মী পোং কনানম্ব চিংনখিদে। উত্রা শঙলেন যৌরক্লগা শঙলেনগী নোংচুপ থোঙজাও মপাদা মীশীং লেপহল্লগা খেল্লেম্বনা শারাও-লাল্লাও লাওরকখি. —"নহ্ াদ রাং-বমচা খেল্লেম্বা রায়েনবমচাদে, মৈদিংঙুচা ইবুংশীজ শ্যামশাই মপারী গৌবশ্যাম মরাম্বা নিংথৌগী মপুমদে—।" ভারতশাই শঙ্গোইতাবা অহুগুম্বা শারাও-লাল্লাওদা থোইদোক্লা লাম্বা তৌন-খিবা পঙয়াও য়াওখিত্রি। অহুবু ময়াম্ব্রং মমাঙদা ঈকাইবগী হুয়েন লাম্থেংনরগদবা মওংদা ঈফিং ফিংগৎখি। লাল্লাও লাও-রকপগী মীশিংম্ব লেপ্তুনা চঙশিল্লক্লিবনি। রায়েনবমচা খেল্লেম্বনা

উত্রাগী খোঙজীন য়েৌরকপদদি মহাক্না লাম্বা তোঁগদোবিবা মীশক্তু খন্নক্রমাম্না চেন্নবা থোরাং তৌরক্রে। চেনখিগদোবে উন্নবদা মৈদিংঙুচ অামন্তশাইনা থাঙ শক্তুনা মাগী চেন্নবা লম্বী থংখ্রে। অদ্না অনেৎলাং৹ কোঙ্গোঙ্গী লীথুলাংদা থুরে। মিকুপ অমতংগী মতম্দা পম্হৌ মপাতোন অনন্তশাই অমসুং কেগে ঈরাং মপুম/মামা থোঙ্গমগনা মপারী-মমাক গৌরশ্যামবু নিংথৌ হাপ্লে, ভাগ্যচন্দ্রবু যুবরাজ ওইহনখি। অমুন্না ঈমু-নাইমু তানদা মৈতৈ লৈপাক লাংহন্দনা অনন্তশাই লৌশীং চঙখোনবনা মযাম্দুং শ্যামশাই খুরাই লাকপনা থনম্বা মপারী অহন গৌরশ্যাম/মবাম্দা নিংথৌ খুবম শিন্নখি।

মৈদিংঙু গৌরশ্যামনা পানবা মতমসিদা ভাবওশাইবু অন্নাদা তাম্হোকখি। খেন্নেমগী লাল্লাও ভাবদা মতীং থোক্না নিংথৌ কনগে চোংশিল্লবখিবা থুমনাথম্বা পুখ্রনবা অমসুং ওঈনা সেকম অনিবু অশিবগী দগুদগী নাম্ঘাকহনখিদে। অদুগা ভাবওশাইগী পানা পাম্মোম ওইরিবা৹ মপা হাৎখিবা৹ গোমতী মমাগী মচা৹ নিংথৌরোল ও যুবরাজ ওইংম্বা তোল্লেন-তোম্বা/শক্রঘ্নশাইবু অনন্ত-শাই অমসুং গৌরশ্যাম অমদি ভাগ্যচন্দ্রনা ভাকপীবা উমখিদে। অদুনা কোন্নুংগী মনাক্তা লৈহন্দনা ওক্তোংদা লোই থাখি। অদুবু খৃঃ ১৭৫৫দা তোল্লেন-তোম্বনা খুৎ খোম্নগা নিংথৌ সিংহাসনগী দমক লান হৌরকখি। মতাকপু পাম্হোইবীগী শুমাই/শুমাঙ/মমাঙ (ফার্ষ্ট এমঃ আরঃ গী অহানবা গেট, কালিমাই মপা) দগী ফারগা কাংপোকপী (রূপমহল টেঙ্ক লৈরিবা মফম) দা কত্রংনা মচীন্দা পুন্সিল্লগা থৌবী যান্দুনা হাৎখি। মতাক্কী মতুং ইল্লবপা মী ৭ পুন্থ হাৎখি।

মৈদিংঙুগী মামা খেম্লেম্বু তৌবিমল থঙবা উৎপা ওইনা মোইরাং নিংথৌ হাপখি। অম্মা পাল্লিভৈদা অবা/বর্মা/ম্যাঙ্মা/ ব্রাম্মাগী মচিন তুমখৎলক্লিবা মুথসোবোম্যু (Muthsobomyu) শাগৈগী নিংথৌ আলাউঙ পায়া (খৃ: ১৭৫৩-৬০) না মশামর্ক লাক্লুনা লাম্দারবদা মাঙ্গথীহুনা সঙাইথেল/জয়নগরদা লোত্তুনা থাঙখি। মতুদা গৌরশ্যাম মহারাজনা মশাগী অশোনবা লৈবা (শগোল কাংজৈ শামবদা শগোন্দগী তাহুনা মথোঙ তেকপা) নমি থম্দুনা মনাউ ইবুংঙোবু রাজনিতীদা হেম্না থৌ পাঙ্গথৎলকুবা চহি ৫/৫ নিংথৌ ওইনসি হায়না হৌদোক্লুনা গৌরশ্যাম খৃ: ১৭৫৯ গী শক্তিবু থাদা নিংথৌফম মনাও ইবুংঙোদা থাম্গি ৭ নি পানবা শগোনশেন্দা শিনহনখি। মনাও ইবুংঙোনা খৃ: ১৭৬১ কাওবা ওইরমগা মথাম্বুংনা অমুক ওইরগা খৃ: ১৭৬৩ গী থরান ২৯ নি লৈপাকপোকপদা মথাম্বং গৌরশ্যাম নোঙ্গাখি। অতুগা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইখি। অহুবু অবানা লাম্দারক্লুনা লাইশ্রম গঙ্গারামগী কুম শক ১৬৮৬ ফাইরেন ২৮ নি ঈরাই (খৃ: ১৭৬৫, মার্চকীময়াঙ্গ) দা লৈপাক কাঙ্গহুনা মহারাজদি মনেম শীজ লৌবা মমাং কছারী নিংথৌ সন্ধীকারীগী মনাক্তা চেনখি। মফমতুদা মতম খর লৈরগা অহোম নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরসিংহ, চাঙ-সুরেমফাদা চত্তিহুনা লৈঙাক্লোনগী শাথুপবা ওইনা লৈখি।

অবাগী মথুক্তা মৈতৈ মাঙ্গখিরবসিদা মৈতৈ প্রুম্নক মোইরাংদা লাক্লেন্দুনা লৈরম্মী। মৈতৈ কৌমুংদা চাওক্লবা মৈদিংঙু

গরিবনিৱাজ মহারাজগী মজাইবেম্মা রাংভল্লোন লৌবা, মৈদিংঙ্গ্সিগী মতমদা মৈতৈ লৈপাক্কী নোংখোনবা কমখোন ওইরবা, মৈদিংঙ্ মরম্বা অমস্তুং মৈদিংঙ্ জয়সিংহবু মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসন্দা থাঙ্গৎলম্বা, কেগে মোইরাং নিংথৌ খেল্লেম্বগী মনাক্তা তাংজকম শাইদাংকম লৌরম্মী। অদুবু মৈতৈ মীচম-মীযাম্না খঙদবা অশীংবা-অকনবা অনিগী মুংঙাইনদবগী থরুম অমদি থম্মোইদুংদা লোম্না লোম্না পুনরম্মী।

মৈদিংঙ্ গৌরশ্যাম্না নোঙ্গাপ্রবা, মৈদিংঙ্ ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরিবৈগী মতমদনি। মোইরাং ঈরাং লৈঙাকপনা কেগে মপুলম, ভাংঙোই মপালমদা লৈখিবগা কাংখদা লিন চঙখি। লৈকাই কৌঙখোলনা খুবাক কুবোল হুখি, কৈরোই নোংশা য়াইবদা নম পোকখিবগুম তৌখি। মৈদিংঙ্ ভাগ্যচন্দ্রবু শেম্বী-রকপা মমাগা পোকমিন্নবা মামনা কেগে চাওনবা মোইরাং শাংনবা লাইতোনজাম্বা চাঙ্গবনা মোইরাং পন থুগাঈদ্রিবৈদা মোইরাংনা খোম্নবা লম অদু ফাওবা ওইগে হাঙ্গরখি। অনম্ভশাই মৈতৈ লৈপাক য়াইবী য়াইকল্লনবা ছীরী কেল্লিবনা মোইরাং মকোক লুখা থাখিবা লৈপুঙবু নাঙশিংহনা কেগে চাওহনখিদে, মোইরাং শাংহনখিদে। খেল্লেম্বা মমোম শমজমনি (অবালৈমা শমজুরৈমা)বু অরা তোংদোই নিংথৌ (HSENGHPYUSHENG) সেজ্ঞপু-শেঙদা থাজহনা লৌমান্নবা মান্নবগী মথক্তা লমন খুম্নবা অঙম তাম্নরকখি। মদুনা মৈতৈ লৈপাক কাঙ্গননবগী মরম ওইরকখি। অদুবু লৈপাক্কদি মৈদিংঙ্ মমোম রাংভমলোন্দা শাইদাংলিবনি

খঙ্গখি। অতুগা লৈপাক মীয়াম্না অসিমম্ব খঙখিদে মতুদি মৈতৈ পাঙ্গমা লোশীং চাওবা, খোঙ্গজেন লীংজেন ফবা অথৌ লিচা হেল্লা মৈদিংঙু চা অনন্তশাই সেনাপতি মান্নবা য়োংচাবী অনি চিংনরকপদা মাগী চিংশিনবগী ময়াইদু মপাঙ্গল থোকপা ঙমত্রে। লৌমান্নবা খেন্নেম্বনা লমন-থুম্নীওবগী তাঙ্গা ফংবগা করি তৌরকদগে খনবগা মান্নপ্রে। মৈদিংঙুচা অনন্তশাইবু কোঙ্গখি খিতুনা ফারগা কেগে কৈশুমদা শুমপ্রে, মোইরাং মীওমশঙদা থমপ্রে। মনা মনিন্দি নাইহন্দে। কেগে-মোইরাং নিংথৌগী মীনুং হুৎপা থৌ-শিলসি কেগে মোইরাং লৈমনা খঙলকখি অতুবু মঙোন্দগী নাকোং অনিদি শুহনখিদে। মহাক মশা অমা খঙলে, কৈশুমদা শুম-লিবতুমা খঙলে, কৈশুম শঙবা অতুমা খঙলে, কৈশুম শুম্নবা য়াথং পীরীবা অতুমা খঙলে অতুগা মতুগী মতুংদা খঙবা য়াবা মীশক অমা লৈরম্নবদি মতু মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনি।

খৃ: ১৭৬৭, বামোন হরিনন্দগী কুম শক ১৬৮৯ দা মোইরাং নিংথৌ খেন্নেম্বা অবা নিথৌনা কৌরক্কুনা অন্নাদা চঙখি। মসিগী মমাঙদা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা তেথাওদগী বামোন জয়দেববু মাগী মীশিংদা পাউ পীবা লাকখি। মৈদিংঙু থোক্লগনি হাঙ্গবা পাউ অসি মোইরাংদা লৈরিবা মৈতৈশিং শিনবা থুংনা ফংখি। মোইরাং নিংথৌনা অবা হেক চঙখিবগা মপাবু কৈশুমশঙদা থম্বদগী খম্মোইদা পেন্দ্রবী মৈদিংঙু গরিবনিবাজ মমোম্মোই রাং-ঙমোন শেন্নবী মবাউ লাম্বী, তুবী চৌঙলাই লৈমনা মপা মৈদিংঙুচা ইবুংশীজ অনন্তসাই সেনাপতিবু কৈশুমমুংদা শুম্বদগী

থাদোক্লে। মশাবীগী থকুম খণ্ডজদবী মোইরাং লৈমনা মশা কুংশিবগী লীচিংনা অনন্তশাইবু মশাবীনা য়ৌরক্লিংলৈ মনীও তম্মা চংখিনবা লম্বী পীবিরম্রে। মতুগী মৈদিংঙু চা আনন্তশাইনা ইবুংশীজ শাইরাকপা মনাও ইবুংঙো ভবানন্দ, খেল্লেম্বগী মচানুপা মশেম্ব-নচিংবা মৈতৈ লৈপাক্কী মী পুন্নমক্কা লোইননা মতমতুদা মৈতৈ কোনুং ওইহরিবা জয়নগর শম্ভাইথেন্দা নিংথৌ ওকপা শাতুনা নিংথৌগী পোৎলোই শমপোৎ পুতুনা চংখি। হৌজিক্কি মৈদিংঙু অনন্তশাই মৈতৈ লৈপাক্কী সেনাপতিগী লমন খুন্নবা তঞ্জা অমুক ফংখ্রে। অতুনা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র য়ৌরক্লিংলৈ, মোইরাং নিংথৌ খেল্লেম্বস্ন অবাদা লৈল্লিংলৈ মহাকপু কৈকুমদা শুমখিবহু লমম খুন্বা হৌরক্লে। খেল্লেম্বগী মুপী য়াঙ্গবা লাংশঙবম চনুমা পোকপা মোইরাং মশেম্বদা হায়া খুংমারে, খুংলাঈ থাবদি শলাম খুঙম ওইহল্লি। অসুম্না হৈস্নাম খুয়োনলাকপা, নিংথৌজাম্বা থাম্বীলাকপা, খেম্না শেল্লুংবা মপা মচা মরিনা মথং চংলগা লমদা থাগী নোংমা পানবা থাংজদা খৃঃ ১৭৬৮ গী মার্চকী অরোইবা থাথাইদা লাচোন হাতুনা মোইরাং খুন পুম্নমক থুগাইতুনা মোইরাং খুন্তাক-লৈতাকহল্লে। অতুগা হিসাবা নিত্যানন্দ, শাইরোম গঙ্গারাম অনি হাত্তুনা মোইরাং লৈপাক্কী সংস্কার তৌবদা অরোইবা শীওহুন তমখি। হাইরিবা থবকশিংসি মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রস্নু খওক্রি অমস্নুং মোইরাং খেল্লেম্বস্নু খওক্রি।

মৈতৈ পুম্নমক মোইরাং থুগাইশ্রবদা নোংমাংদগী মৈতৈ লৈপাক্কা লোইনর্মক খুনগারকিখি। অতুগা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রস্নু

চহিসিগী লমদাগী ৬নি শগোলশেন্দা সঙাইথেন্দা থুংলখি। লাইশ্রম পাল্লোই কুম শক ১৬৯০ (খৃঃ ১৭৬৮) গী শজিবু থাদা মহারাজনা কোম্লুংসি শঙাইপ্রোগী নিংথেম ইংখোল (লিটল ফ্লাবার স্কুলগী কিঃ মিঃ ১ রোম চৎলগা শোরোক্তগী মিটর ২০০ গী মন্নুংদা) দা হোংখি। মফমসিদা লৈরিইঙদা মোইরাং নিংথৌ খেল্লেম্বা/খেল্লৈপাম্বা /খেল্লৈ-মুঙনাং-ভেলহৈবা অমা লৈপাক্তগী লাক্লে হাঙ্গবা পাউ ফংখি। মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা মোইরাং নিংথৌবু ওক্লুনবা রাহেংবম মাধবরামনা লুচিংহুনা চৎহনখি। অদুবু মাধবরামদা অনন্তশাইনা নীঙথৗনা ওক্লকবা খুৎচপ্পীনা চপ্তুনা পাউতাক পীখি। অবঃ নিংথৌনা শামু অমা পীরক্লুনা বাখল মুংঙাইনা লাকচবা মোইরাং নিংথৌদু খৃঃ ১৭৬৮ সিগী এপ্রিল-মেদা কবো থারী লৌবুক্তা মহাক্না নোমজবদুগী মহৈ ফংজখি। মাধবরামনা হল্লক্লবা মতমদা মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বগী থম্মোইদা শাওনীঙবা, নীঙমদবা অমমুং মুংঙাইতবনা তিনখি অদুবু চীন্দি থোক্লক্তি। মাধববাম নিংথৌগী ওইরিবা ফিভমদু থঙখি অমমুং মঙং-মতৌ পুম্নমক্তু মতোন ইবুংঙো সেনাপতিদা তমখি। মতোন ইবুংঙো অনন্তসাই নিংথেমগী মনাক্তা লেঙলক্লগা হিরমদুগী মরমদা বারী শান্নখি অদুগা হাঙ্গখি— "নিংথেম পুম্নমকসি নপাতোন ঐনা নহাক্কী নিংথৌ সিংহাসন অসিগী থুবম চেৎনবা শীনবনি। নিংথেমগী পুক্লীঙদা চিংনবা-মুংঙাইতবা পুম্নমক থাদোকপিয়ু, লৈঙাক্লোন হাঙ্গবসি অসিনি।" মৈদিংঙু চীঙথং-খোম্বনা "ইপাঙোন" হাঙ্গ থুম্নগা বারী পুম্নমক্তু তারগা কনাদমু চৈরাক পীদনা তুমিন্না অদুম লৈনখি।

অসুম্না মৈদিংঙু চীঙথংখোম্বনা পাল্লকপসিনা লৈপাক মরা চেৎলক্লবদা খৃঃ ১৭৭৬ তা কাইনা চীঙদগী থৈবোং পাম্বী য়াল্লগা, শ্রীমদনমোহনজী, শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দ অমসুং শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌরগা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ ১১ নি ঈরাই (নবেশ্বরগী অরোইবা থাথাঈ ) দা কাঞ্চিপুর বাসমগুন্দা শ্রীগোবিন্দনচিংবা লাইশিং অভিষেক তৌত্রনা মুমিৎ ৫নি চুপ্পা জগোই রাস কৎখি। মসিগী মতুংদা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দবু সেবা চৎনবা মতোন ইবুংঙো অনন্ত-শাইদা শিন্নখি। তং তারক্লবা লৈপাক্কী লানগী ঈবাং লৈত্রবা মতমসিদা অহল ওইশিল্লক্লবা মতোন ইবুংঙোনা শগোলবন অহল্লুপ পানাগী লম্যমদা নিংথৌগুম্না পানফম অনিগুবা কোম্নুংগুম শেমখি। হাঙ্গৈরিবা মফম অসিগী নাকল অমরোমদা নম্বুল তুরেন্না থাঙ্গপাং ওইখি। অত্তুগা অতোপ্পা নাকলশিংত্ত থাঙ্গপাং ঈকাই কোঈনা তৌ-ত্রনা মন্ত্রী-সেনাপতি-অহল্লুপলাকপা নোংপোক লৈরিখোম্বা, আনন্ত-শাই মন্ত্রী পুনশিনবা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দা সেবা চত্তুনা পানখি। অত্তুবু মন্ত্রীসিনা মহাক্কী চিরবা মতমদা মহাকপু মতেং পাংবিখিবা, মহাকপু মোইরাংগী কৈগুমশঙদগী থাদোকপীত্রনা মনীঙ তমহনখিবী মচেমশীঙ্গ বাংঙমলোন শেনবী মুবাঙ লাম্বাবী, চীঙলাই লৈমবু থক কাউবা ঙমখিদে। হাঙ্গৈরিবী মোইরাং লৈমসিবু ঈকাই খুম্নবা অমসুং তৌবিমল থঙবা উৎপা ওইন্না মহাক্কী লৈফমগী অকোঈ-রবদা তৌত্রনা শেম্লিবা থাঙ্গপাং অত্তুবু "মোইরাং লৈমা থাঙ্গপাং" হাঈনা মমিং থোনখি। ঙসি মোইরাং লৈমা থাঙ্গপাংন্না মচীন-মপৎ। জুংশিনবগী থুদম-চাংদম পুত্রনা লৈরি হাঈবসিদি কনানন্ন

থওবীদবগুম তৌরে। মসিগী চেক্লোক্নো— ওইনাম অমুজাওগী চৈথাবা কুমদি শক ১৮৭৬ মেরা থা ১১ নি (খৃ: ১৯৫৪, ওক্তোবরগী অয়োঈবা থাথাঈ) ঈরাইদা। বিজয় গোবিন্দগী থাঙপাত্তা লৈশাবীনা তেংমাঈ লেপ্লগা লৈশাবীনা হিরোই ওইদুনা ছিয়াং তান্নে— হাঈগ্রিবা অসি ফাওবা কাউথোক্লম্রে, নীঙশিংবিত্রে। অদুগা 'মোইরাং লৈমা থাঙপাং' হাঈবসিনা খৃ: ১৯৬৫গী নবেম্বর তারিক অমদা মমিং লৈরবা মৈতৈ পণ্ডিত অমনা হংখিরগুম থবক শীন্নথোক্লম্বগুম তৌবা— "অদুন অচুম ফবানগী রাখি মোইরাং কংলৈরোনগা কংলৈগী কুম্বাব পুরাম্নচিংবা পুরানগনা থিনরসনু হায়ন থমজরে" হাঈবসিগী পাউখুম পীরিবসি তাবিদনা চংল্ল। কংলৈগী চৈথারোল কুম্বাবগী পাউসু তাদনা লাইরৈপাক্তা তানথিবা মপোক কুমওন ১০০ শুথরে মশুগুম্বনা কচ্চরিরা খুদোলসি মালং ওইনা লেওলক্লো অমুক্তং লৌবিরগা মহাক্কী মতৌগুম মরৈপাক মজাতি শোকপা য়াদবগী থৌনাদু অমুক্তং হাম্নীবু হাঈনা থেংলবা ঈন্নুংসিদা কচ্চরি।

মতেং লৌজখিবশিং :—

১। লাইরেনময়ুম ৺ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা : ইম্ফাল— ১৯৮৯।

২। Arthur phoeyre : History of Burma : London : 1967.

৩। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ : শিজ শমজমনি : ইম্ফাল—১৯৬৫।

৪। লোইতোংবম শ্রীকালাচান্দ : শাগৈ-শলাইরোল : ইম্ফাল—

৫। রা: কু: হিরন্য সিংহ : হৈক্রু হিদোংবা : ইম্ফাল—

৬। Compiled by Authority : Gazetted of Burma Vol I : Delhı — 1987

৭। মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা (খুংঙ্গি)।

৮। শঙ্গাই ফম্মাঙ (খুংঙ্গি)।

৯। রা:কু: সনাহল সিংহ, গুনেশ্বর : সাংজোল ইম্ফাল—:৯৭০



## ৰিঃ কুলচন্দ্ৰা শৰ্মাগী ফোঙথ্ৰবা লাইৰিকশিং —

১। সনাতোম্বী (নোভেল : ১৯৬৮)

২। চারিক পরেং (নোভেল : ১৯৬৯)

৩। যুগী পাত্ৰদা তশবীর (নোভেল : ১৯৭০)

৪। খুমন নিংথৌবাল লম্বুবা (পুযা : ১৯৮৯)

৫। থাঙমইরোল (পুযা : ১৯৮৯)

৬। সনামহি পুয়া (পুযা : ১৯৮৯)

৭। মৈতৈ পাংঙল হৌরকফম (থিজিন-হুমজিনবা : ১৯৯১)*

৮। মৈতৈ বামোম হৌরকফম (থিজিন হুমজিনবা : ১৯৯১)*

৯। মণিপুরগী হুঙগী চক্তা লৈবম্বা মীশিং

(ওন আর্কিওলোজিকেল রিসার্চ ১৯৯৬)

১০। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমা মপা থিবা।

(থিজিন-হুমজিনবা : ১৯৯৬)*

* মার্ক তৌরিবশিংসি কো-ঈডিট তৌমিন্নবনি।